# মীতৈ ইঁয়েক সালাই তরেৎকী থৌরম পরেং অসুবা



অইজবা ঃ—

য়.ইঁখে.ম কোন্দুমসনা মীতৈ

# মীতৈ ইঁয়েক সালাই তরেৎকী

# থৌরম পরেং অসুবা

অইবা :—

য়াইখোম কোন্দুমসনা মীতৈ

অইবা :—

য়াইথোম চাদি কোনছুম সনা মীতৈ ঐহাক্না লৈপাক্কী অথং-অইং নয়াংগী থৌদা অম ওইনা মীয়ামগী মকনদা হৌজিক মীতৈ ময়েক্কী উনম লৈতবনা থৌরম পরেং হায়বা লাইরিক অসিবু লৈপাক মীয়ামদা লানথোকচরি—

কোপি—২,০০০

তাং ২৯-৫-৮২ ইং

মমল লুঃ ৩·০০

নমখম :—লুকম্নী প্রেস, উরিপোক ইম্ফাল।

# ব্ৰাহৌদোক

১। অতিংকোক মরুসিদবা

তাইবং পানবা মপুগী মচা ওইরবা থবাই পানবা পুন্নমক্কী মনুংদা মীওইবা হায়বা অসিনা, অথোইবা মপোকনি। মী ওইবা পুন্নমক মপুগী সিন্থানা।

(১) পোকপা

(২) হিংবা

(৩) সিবা

অহুমবু মীওইবগী মশাদা নোংদমখীরমবনা ঐ—ঐগী থোদাং থৌরমবু তৌজবনা তাইবং লাননা লম্বী ওইবনা সিদবা মপুগী মফমদা থোনিজরি ইপানা ময়েকনি, ইমানা লোননি হায়না লাইনিং অহলশিংনা শৈথারি মীতৈ পুকোক মীগী মকোক ইপুথৌ পাখংবা মরিয়া কুমশিং ১৩৯৯ বু মীতৈনাকাওডনা তাইবং সেম্বীবা মপুদি অমতনি ব্ৰাখলনা মহাক মহাক্কী লোন্না লাইনিং লম্বী তৌজবদা পুন্নমকপু সিংবিবা মপুনা চানবিয়ে।

২। মীতৈ ইয়েক সনাইবু তরেৎকী থৌরম পরেং অমুবা

মীওইবা পুন্নমক্কী লাম্ন থৌরম লাইস্নু লাইরিক ইপুথৌ পাখংবনা য়াই-ফারে।

সোক ১৯৫৮ ইংদগী হৌরদুনা হায়রিবা থৌরম পরেং অসিগী থৌরাং থৌদাং লোহ ওডনা। মীতৈ লৈপাক্কা লৈরিবা ইরুপচা খুদিংনা য়াম্নদুনা ডসি ফাওবা মীতৈ পুন্নমক্কা লাম্ন লম্বী ওইনা তাইবং মপুগী মফমদা লৈরাংজরি।

পাংথোকলসি অচুম্বদা হিংলসি অসেংবদা তানলসি মীওইবা পুন্নমক মপু অমতগী মচানি ডসিদি মলেমদা লৈরিবা মীওইবা পুম্বগী চংনফম ওইবা সিদবা মপুগী মফমদা পাংজদ্রববা মচা লিশিংনা তাইবং মপুগী মফমদা লৈরাংগা পান্দমজদুনা লৈরোং লৈদা কংচরি তাইবং মপুনা য়াইফরে।

# হীরম্-অময়াই

১। ইপুধৌ পাখংবা খুরুম্বা
২। অতিয়া সিদববু খুরুম্বা
৩। নুংশিং খুরুম্বা
৪। ঈশিং খুরুম্বা
৫। লাইনিংথৌবু খুরুম্বা
৬। লাইয়াম ইরাংপা
৭। অপোকপা ফম্বাল লাংবা
৮। সিবগী চুকশারোল, মোইথেম্বগী থৌনিরোল
৯। অঙাং পোকপগী তরুকনি থৌরম্
১০। লুহোংবগী থৌনীরোন
১১। লাইমিং লৌবগী লংহিং লংশেং থাংবগী পথাপ
১২। অঙাং নাহুৎ নরেংবগী পথাপ
১৩। অতোপ্পা ফুরুপনা মীতৈ মশিং চনজগে সনামহি খ্বিংথৈ কংজগে হায়বগী পথাপ
১৪। অসিবা মীগী মশা মৈ থাবদা তৌগদবা পথাপ।
১৫। অসিবা মীবু মৈ থাবা লোইবগা তৌগদবা পথাপ
১৬। মীওইবা মথবাই মশামকক্ হাত্তোকচবগী চুকশা মোইথেমগী পথাপ
১৭। মীতৈ চুকশা মোইথেমনচিংবগী লাইনী থৌরম তৌগদবা তৌরোইদবা খুমিংকী চৎনপথাপ তবেৎনিগী চুকশা থৌরম্
১৮। য়েক সলাই তরেংকী ইরিল পুং

# মীতৈ ইয়েক সলাই তরেৎকী

## থৌরম পরেং অসুবা

পিহানা ইরাৎ হৌরমদাইদা ঈনিংথৌ ঈবুঙো পাথংববু নিংশিংহুনা খুল্লনমু।

লাইরাদি—

হুঁ ভাইখং শলাই শম্বা মপুরেন ইবুঙো। সনা নয়াথংবু হৈনা মতুং ইন্দুনা ইরাৎ থৌগল তৌজগে লংজবা পুম্নমকপু থৌজানবিয়ু খুরুমজরি ননাইনা।

লিংখৎপা অমসুং ইরাৎ ফুলাৎপা মতমদা তৌগদবা পথাপ।

ঈশিং অরুবা খুজাই অমদা তাইবেল পুংফাই উরেন মনা থাদহুনা থমগনি অমসুং চক্ অহনবা ওইরবসু খুজাই ওইরবসু ইরাৎফু অমা শেমগনি; লৈ পরেং অমা শিবীগনি ইরাৎফু মন্নুংদা থা, পানা, লফোই ভমজবা শেল খরু হাপকনি। স্না লুপা মচুম তাহনগনি। ইরাৎফু মমাংদা হৈরুক পানা মৈরা মেক্রুক কংকনি। ভমজবা শেল খরসু কংকনি। ইরাৎ হৌরমদাইদা থৌরম থৌগল তৌগদৌরিবা মী অহুগী মশা অহুমক্কা ঈশিং কাংগল অমা মরিক অহুম থকনি। নিংশা থিংহুনা হকচাংগী মকম তরা মথোই শোকনা য়েৎ-ওই-শান্নগনি। মথংদা মাইগৈ তরাদা খুদোম্বীনা কাপহুনা য়েক্লবা তানগনি।

লাইরাদি—

১। হুঁ নোংপোক্তা লৈবা ঐগী য়েকনবা মীনম্বা থানম্বা হিগাবা য়াইগাইবা সোরেননচিংবা নথোই পুম্নমক লমদম লাপনা চৎথোকলো তাদে খঙদে হায়বা য়ারোই লাইনিংথৌগী তেন কাপলগে।

২। হুঁ মৈরমদা লাইনিংথৌগী তেন
৩। হুঁ মখাদা ”
৪। হুঁ শনথোংদা ”
৫। হুঁ নোংচুপতা ”
৬। হুঁ কৌক্রুদা ”
৭। হুঁ অৱাংদা ”
৮। হুঁ চিংখৈদা ”
৯। হুঁ থকতা ”
১০। হুঁ খাদা ”

ইৱাৎ থৌরমগী থৌগল তৌগদৌরিবা মী মশানক তাইরেন পুংফাই মনা পায়তুনা লাইজ খিকলাং খিক্তুনা হাইদোক শেংদোক্নি, লাইৱা অসিনা।

লাইৱাদি—

হুঁ হায়েং থৌবিভেং লোইবিভেং উভাংঙৈ ৱাভাংঙৈ শিঞ্জুঙৈ চরোইনা খোংদংঙৈ য়াম্বীনা খাইদমঙৈ হুইথৌনা চিকেংঙৈ য়াথৌঙৈ লংনাই হিজিন হিরাং থৌনা থিনকাইঙৈ খুন্দুন্নরে নাইথন্নরে খাইরো লাইরো কোইনরে মথোক্লাবী নাইগা কোইনরে ভান্নরে চিংয়া চিংগোই তেন্নরে পান্নরে শেৎনরে ভিল্লৈরগন্নু লাইরৈরগন্নু তিন কোন্নরে লাইকোন্নরে হুঁ হায়েং হুঁ হায়েং, হুঁ হায়েং।।

———

লাইদা কৎকদৌবা পোৎলম পুন্নমক মখাগী নাহাইরোন অসিনা শোন্দুনা শেংদোক্কনি। পোৎলম পুন্নমক ইবিক ইচুম তাঙনগনি।

ঙ।।ক৲।।।—

হুঁ সিদবা মপু ইবুংঙো অপোকপা পোকলেন পোকপা শাংলেন শাংপা সিদবা মপু ইবুংঙো ইবুংঙোগী য়াথংনা ইরু ইচেন ওইরগা পাখংবগী ঈকোন্দা ঈশে, ওইনা তুংলগা। নাহাই তাইরেন পুংযাইনা শিন্থরকপা মতমদা তাইবং মরু খিবিরুা য়াইফ থৌরম তৌবদা ঈচুম ঈরিক মফম খুদিং তারগা। ফত্তা হাওখি অমাং অশোই মরিল শিংনা কোক্কনি। লাইয়াম-শিংনা লেপনবা সিদ য়াথং ইচেননি হুঁ সিদবা, হুঁ সিদবা, ও সিদবা।

হান্নগী ঈশিং তেংগোংতগী হৈদোকউ অনৌবা খুজাইদগী ঈশিং হাপ্প। খুং অনিনা ইরাংফুদা ঈশিং মশিং ওলক খুজাইদগী হৈয়ু। খুং ২না ইরাংফু মফম চানা শেমগনি তুহৈদে। খুং ২দা লৈ পায়গনি ইশিং তেঙ্গোওা থাদগনি।

ইশিং তেঙ্গোং মথক্তা খুংলাম তোয়গনি খুংশা ১০ না তিংগোংলাংগোং শাগনি থুবী লে ৎপী শাগনি ইরৈনা ইবেম্মাবু নিংশিংগনি। মথাগী লাইহা অসি শোম্মা তৌগদবনে।

## লাইরাদি—

হুঁ কোংবা তুরেন, ইরিন তুরেন, তুরেন অচৌবা, নম্বুন তুরেন, থৌবান তুরেন, রাংজিং তুরেন, শেকমাই তুরেন, খুগা তুরেন, ইভৌরোক তুরেন, লোক্তাক, পুমলেন, নুংজেং হরুবানচিংবী ইরৈমা ইবেম্মাবু কৌজরি। ইরাংফুদা থুংলরো ইরাং থৌরম তৌজগে ননাইনবু কৌজরি—

হুঁ কুক কুক কুক।

ইরাংফুদা চেং থোইদিং-লৈ ইশিং হাপ্প॥

## ১। অতিয়া সিদববু খুরুম্বা

## লাইরাদি—

হুঁ সিদবা লেংদবা.মাংদবা হামলেন কোঞ্জাও অথোইবা তেংবাম্ববু কোল্লিবা পুম্নমকী তুংনকমস্থ ওইরিবা। মপাল ভমথৈ নাইদবা ইনিনখোনবু

পোকলিবা। মুমিং থা থাৱানমিচাককি তুংনফমবু ওইরিবা ইরাৎ থৌরম তৌজরি ননাইবু কৌজরি ইরাৎফুদা ঙানবীরো, য়াইফ নিংয়েং তাবীরো, ননাইনবু খুরুমজে—

হুঁ কুক কুক কুক।

ইরাৎফুদা চেং থোইদিং লৈ ইশিং হাপ্পু।

## ২। নুংশিৎ খুরুম্বা

### লাইরাদি—

হুঁ সিদবা হুমলেন লাইজ অথৌবা নামিবস্থ ওইরিবা তরং ইথক হৌরিবা অচিক অশা খাইরিবা তেংবানবু ইংহল্লিবা। তেংবানবু শিন্না থুংনা চেল্লিবা পুম্নমকপু য়োকলিবা থৱাই হাইন খংনরিবা। ইরাৎ থৌরম তৌজরি ননাইনবু কৌজরি ইরাৎফুদা ঙানবীরো। য়াইফ মিংয়েং তাবীরো ননাইনবু খুরুমজৈ।

হুঁ কুক কুক কুক॥

ইরাৎফুদা চেং থোইদিং লৈ ঈশিং হাপ্পু।

## ৩। ইশিং খুরুম্বা

### লাইরাদি—

হুঁ লাইজ ইশেং ইরুবী মহিদগী অথোইবী অফ-তক্ষত্রা শেং-তোকলিবী। তরং লিকলা লিকলা ওইরিবী তেংবানম্বু য়োকলিবী অইংবা মপুং ওইরিবী অৱা থৌরাং পেন্নবী ইরাৎ থৌরম তৌজরি ননাইনবু কৌজরি। মফম অসিদা লাকপিরো, ইরাৎফুদা ঙানবিরো, য়াইফ, মিয়েং তাবীরো, ননাইনবু খুরুমজৈ।

হুঁ কুক কুক কুক।

ইরাৎফুদা চেং থোইদিং লৈ ইশিং কংলু।

## লাইনিংথৌবু খুরুম্বা

লাইরাদি—

হুঁ অপোকপা পোকলেন পোকপা শাংলেন শাংপা স্নামহি মহিরেন লাইনি থৌদি পাখংবা থরাইনীবু হায়রিবা য়াইবীনিবু লেপলিবা ইবুংঙো মফমসিদা শাল্লকলো ইরাংফুদা ঙানবীরো। নচা ননাই তাইবংচানা পুরুমজৈ হন্না হন্না নিংশিংজরি থৌজালবিয়ু ইবুংঙো ( ঈ-মপুং ও )

হুঁ কুক কুক কুক ॥

ইরাংফুদা চেং থোইদিং লৈ ঈশিং কংলু।

## লাইরাম পুন্নমকপু ইরাংলু

লাইরাদি—

হুঁ লাইনি থৌ সোয়াবেন নুমিৎ থা থবানমিচাক মাইগৈ ঙাকপা খোইয়ুম লাইরেম্বা লাইরেম্বী অহিং নুংথিল। ইপা ইপু অপোকপা অপোকপী তেংবাম্বগী মরোন পুন্নমক্তা লৈরিবা থবাই পানবা অচৎ-চক্তা পুন্নমকপু খুরুমজ। মফম অসিদা লাকপিরো। লৈজবা হৈরাং লৈরাং থরনা ননাই···য়েক্কা মমিং· কৌবনা কংচরি। য়াইফবা মহৈ পিবিয়ু লংজবা খিবিকপু কোকপিদুনা থৌজানবিয়ু হাইনা খুরুমজৈ—

হুঁ কুক কুক কুক।

ইরাংফুদা চেং থোইদিং লৈ ইশিং কংলু।

"ইরাংফু মথোংদা তাংগা লা অমা থাম্নগা চেং, থোইদিং লৈ অমসুং ইশিং কংতুনা য়েন্না ভিংখং লাংথোকউ।

লাইরাদি—

হুঁ মিতাবা খোমতাবা মিনম্বা থানম্বা য়ৈথাম্নবা থিংগাইবা য়েকনা শরোই লাল ওইরিবা। সোরেননচিংবা নখোই পুন্নমকপু লাংচরি। তেংবাম্বা মপু অপোকপগী হৈনম লৈনম অথুম অহাও নিংথিবনা নখোয়

পুম্নমকপু লাৎচবে। অসি চার চিল্লগা হাওরৈ খা পাংনা কুমথরো নহনক্ষবদা হনথরো নতেক্ষমদা তেরুরো হুঁ কুক কুক কুক।
(চেং থোইদিং ঈশিং কৎলু)।০।

## অপোকপা লাইনিংথৌবু ফম্বাল থক্তা লেংশিনলো লাইরাদি—

হুঁ অপোকপা পোকলেন পোকপা শাৎলেন শাৎপা লাইনিংথৌ ঈ মপং ও (ইবুংঙো) নচা ননাই তাইবংচানা থক্ত থাকল্ল খঙরে খাদা ফম্বাল থাজবে ফম্বাল থক্তা ঙ্লানবীরো। নচা ননাই তাইরংচানা হৈরাং লৈরাংজহনা হায়জনিংবা হাযজগে নিংজনিংবা নিজগে লেংথৎ-পিবো লাইনিংথৌ ঈ মপুং ও-হৈয়া রি বি রি কুক কুক কুক।০।

ইবাংফু লিংথৎপা অমসুং লাৎপগী থৌরম পথাপতি মতাং অসিদা লোইরে। অপোক অশিগী থৌন্নিরোল মান্নদে। থৌনিরোন্না অপোক অসিগী পথাপ লেপ্পকনি।

## অশিবগী চুকশারেন্ন মোইথেম্নগী থৌনিরোল লাইরাদি মখাগী অসিনি—

হুঁ সিদবা মপু অপোকপা পোকলেন পোকপা ঈ মপুংও। চিংঙু নখোং থম্বালদা নিজবঁদ ননাই য়েক্তা পোকলম্বা মমিং······ কৌবা···থাগী····নি পানবা/কোম্বা মুমিত্তা লোংগাখববা ননাইগীদমক ননাই মপা/মচা···য়েকী মমিং—কৌবা ঙসি থাগী—পাম্বা/.কাম্বা মুমিত্তা ননাইনা লৈজবা হৈরাং লৈরাং অথুম অহাও খরদংবু কৎচরি। ননাইনা লংজবা পুম্নমকপু কোকপিহনা লৎনথোংবু থিংবিহনা থৌজাল মিথুয়েংবু য়েংবিয়ু কুবিয়ু। চিঙঙু নখোং ঙাংলো থম্বানদা লৈরাং লৈনম ওইনা তিলহনবীয়ু। ননাইগী য়াইবী থৌবাইনা অহানবা মতাং থোক্লবদা অতোপ্পা য়েক শলাইদা থাবিগম্নু ননাই ঐগী য়েক শলাইদা থাবিরকউ

লাইনিংথৌ ঈ মপুংও। হুঁ কুক কুক কুক। (ইরাৎফুদা চেং থোইদিং লৈ কৎলু)। মতংদা অপোকপা লাইনিংথৌগী মতিক ময়াই থাহুনা খুরুম্মো।

লাইরাদি—

হুঁ চিঙড্ থোইয়ুম লাইনিংথৌ ভতিংকোক মরুসিদবা য়াইবী এদোহৌবৈ অমম লৈশা হল্লকপা খেয়ে মুংশুম তগুপহৌ পোইদিংড্ নোংথাং তরংলেন তাইবং লাইজ ইপোকপা। চিংড্ লিন্দাও তাওবী ইপুরোই লাইরেল নমুসিদবা। মুংঙ্গা মাহারাবা য়াইবী মুংঙৌপিমাবা চিঙড্ কৌবৌ তরেংবা খাংবা নিংথৌ পাঞ্জম্বা। ভুপলাং মপানগী হারম উগী মিশেম্বোং কাইবী মহুম মুংগী পরি লাশং হুন উকা মাইথোং য়ান্না নপোক থোইরা য়াল্লকপা। চিঙড্ য়ারা খোঞ্জেল অহানবদা লাংবন থোইমু খোন্দান্নবনা খোঞ্জেন হুঁনা ময়েক থোক্লা মপোক থোইরা য়াল্লকপা। চিঙড্ য়ারা নখোঞ্জেন্না নমু পোংবু য়েন্দমলকপা। চিঙড্ নথৌজাননা তাইবংগী শংজবা পূম্নমকপু কোকপিহুনা থৌজাল লৈপুন পিবিরো হে লাইনিংথৌ ঈ মপুংও হুঁ কুক কুক কুক। (চেং থোইদিং লৈ লোইনা কৎলু)। অরোইবগী য়াইফরোল লাওরো। চাকুলেন কৎলু কৎলিবা পোৎ পূম্নমক ইশিং মরিক তাহললো মৈরা কুৎলো লৈ লাংলো য়েৎওইননা লাই কোইরো লাই খুরুমমো (লোইরে)

মতাং অসিদা চুকশারোনগী থৌরম পথাপতি লোইরে। চুকশারোনগা কুমওনগী ফীরোইগা পথাপ অমতনি। চহিগী মমিংদা মুমিংকী মমিংদা থেংবনি।

---

অঙাং প্রোকপগী হুরুকনি সুরদা ইপান থারদা মিগদবা থৌনিরোল অমসুং ইরাৎফু লাৎপা লোইরগা।

লাইরাদি ঃ—

হুঁ তেংপানবগী মপু ঈমপুং ও অপোকপা লাইনিংথৌ ঙসি থাগী ··· ··· নি পানবা/:কানবা ···· ··· নুমিৎকী য়াইফবা পুংফম অসিদা নচা ননাই ··· ··· য়েক্কী মমিং ··· ··· কৌবনা পোক্লিবা অঙাং নিপা/নুপী অসিগীদমক পুন্সি নুংশাংবা নুংঙাইবা য়োইবু য়োইহেনবা লৌশিং মৈরা চাওহনবীউ চিঙঙু নথৌজান্না। অসি পুন্নমকপু ফংজগে হাইদুনা লৈজবা হৈরাং লৈরাং, অথুম-অহাও খরদংবু লাংজরি কৎচরি ননাই মক্তনা।

মতাং অসিদা তেল কাপলো অঙাং পুথোকলো। অঙাংগী মশা অহু তাইরেন মনা পাইদুনা নাহাইরোম্না হাইতোক্তুনা অনম অথৌ কোকথোকউ। অঙাং মখুত্তা লংজা ৭না পুল্লো। নিপানা য়েত্তা নুপীনা ওইদা পুল্লো। অঙাং মমাইদা পকলৈ লৈশা থিনবীরো মখুৎ ওই য়েত্তা লুপা স্না চাইরো। মতাং অসিদা লাইরেম্বী পিথ্রায় খোংড্রায়বী ইরাৎলো থৌনিরো।

লাইরাদি ঃ—

হুঁ লাইবেম্বী সিদবী পিথ্রায় খোংড্রায়বী ইবেম্মবু থুরুমজৈ-নংগী নতিক নয়াইনা তেংবানববু য়োকলিবী। ইবেম্মগী নতিক নয়াইদী থাবগী ঙমথৈ লোয়দবী ইবেম্মা। ঙরৈমাসু নহাকনি থুমলৈমসু চেংলৈমসু নহাকনি হীকুবী য়াইকুবী ললকুবী তরংদা মৈহোৌবী লকলিদা থৌশাবী ইবেম্মা। পোকলিবা তাইবং নবা অসিগীদমক চাক কুবিয়ু ললকুবিয়ু পুন্সি নুংশাং তোয়লোইনববু পিনবিয়ু। ননাইনা হৈরাং লৈরাংজদুনা থুরুমজরি হুঁ কুক কুক কুক। ইরাৎফুদা চেং-থোইদিং লৈ ঈশিং কৎলু।

মতাং অসিদা অঙাংগীদমক অপোকপদা থৌনিরো।

লাইরাদি ঃ—

হুঁ নোংখোং কোইবা অঙম্বা তরং হিরেন হৌললিবা ঈপাকথক্তা পুরেনবা, ইথৈ ইহন মরেংবা। চৎনিংবা চৎপনি। য়ৌনিংবদা য়ৌবনি

লাইনিংথৌ। শক্তিক মশৌ লাংহলবীগন্নু থবা ময়াই চায়হলবিগন্নু ঈবুংঙোদি মপুংথৌ অপোকপদি লাইনিংথৌ থুপাক তাবুল লোন্দুনা থুরুম-হুনা নিজয়ি।

তেংবাম্বনা হৌডেদা তাইরং মালং ওইডেদা ইবুংঙোনি খংনখি তেংবানবনা শোন্নখি। হৌফম শাৎফম ওইরিবা, লোইফম লোমফম লেপলিবা য়াংবি লৌশিং ওইহনবিয়ু, পাঙ্গল ইচিক হুনহনবিয়ু। মশাদগী হুনবনি নয়াদগী শাৎপনি। লৈরাং লৈশক খংজগে য়াইবী মনম তিন-জগে। থৌজানবিয়ু ননাইবু হৈরাং লৈরাংজহুনা থুরুমজরি ঈ মপুংও। হুঁ কুক কুক কুক॥

ইরাৎফুদা চেং থোইদিং লৈ ঈশিং লোইনা কৎলু। অরোইবগী য়াইফরোন লাওরো। লাইথুরুমনো। ইপানগী থৌনিদি লোইরে।

লুহোংবগী থৌনিরোল অমস্তুং চৎন পথাপ। ইরাৎফু লাৎপা লোইরগা থৌনিবা পথপ।।

লাইরাদি—

হুঁ নোংদম্বা লাইদি ইবুংঙো, ঙসি — থাগী— পানবা কোনবা হুমিৎকী য়াইফগা পুংফম অসিদা তেংবানবগী মপু ইবুংঙো নহাক্কী নোংদমপোলগী মতুংই দুনা ননাই—য়েক্কী মমিং — কৌবগা/ননাই য়েক্কী মমিং — কৌবীগা ননাই অনি অসি পাগী শলাইদা লু-হোংহুনা লৈপুল ওইজরে মপুগী বায়েল মতুং ইন্দুনা। শেৎনবা কাইনবা লৈতনা পান্নাও শিংনাও তাহুনা পুনসি মুংশাং-তোলোইনা তাইবং কুম্মৈ য়াওজগে ইবুংঙোগী থৌগল ফংজগে। অসি পুন্নমকপু কুবিয়ু হায়না থুরুমজরি ননাইনা। হুঁ কুক কুক কুক। ইরাৎফুদা চেং থোইদিং লৈ ইশিং কৎলো।

মতাং অসিদা নিপা মুপী অনিমকপু নহাইরোন্না তাইরেন মনা পাইহুনা লাইজ থিকলাং চাইহুনা অমম অথৌ কোকপিয়ু।

ওইতুনা হৌজগে তাইবং লৈকোন্দবু ফংজগে ইবুংঙোগী লমচৎনা খোইমু ওইবিরো লৈরাং লৈহি চুপতুনা থৌজাল মহৈ পিবিরো। চনজরোইয়ে লৈমনসু ইবুংঙোগী থৌজাল্লা। পৎথজরোই লৈনাসু তাইবং মৈশা লাংবনা। কুমজা মশিংস্নুনা চিংঙু থৌগল ফংজগে লাইনিংথৌ ইবুংঙো মতাং অসিদা লাই থুরুমমো মমা মপা থুরুম্মো।

## অঙাংগী নাহুৎ নারেংগী পথাপ

অঙাং অড়ু মরু কেক্কনি মশা শেংনা ইরুবিনি। মীশেং শেং-পিগনি। অশেংবা ঘিদাদা ফমহনগনি। মশা অড়ু নহাইরোম্না হাই-তোক্তুনা শেংতোক্কনি। য়াইঙং শুন্নুনা নাহুৎফম মিতমগনি। মফম চানা হুৎকনি অঙাং মবুক মুংঙাইহনগনি।

ইরাংফু লাংপা লেইরেগা থৌনিগনি।

### থৌনিরোনঃ—

হুঁ সিদবা মপু ইবুংঙো লাইনিংথৌ ইবুংঙোগী থৌজান্দগী ফংজবা ননাই ইচা নুপী নিপা অসিগী ঙসি য়াইফবা পুংফমদা নাহুৎ নারেং তৌজরে। ননাইগী মিনম্বা থানমবা তিনয়েৎপা অৱা লাংফম পুম্নমকপু মরিন শিংনা কোকচগে। কপয়াংবা তয়াংবা ফংজগে হায়দুনা ঙলি···· থাগী···কোনবা/পানবা হুমিত্তা ননাই মপা····য়েক্কী মমিং — কৌবনা লৈজবা হৈরাং অথুম অহাও খরদং কৎতুনা হৈরাং লৈরাংজরিবা চিঙঙু নখোং ঙাংলৌ থম্বান্দা য়াইফবা নিজরি। হুঁ কুক কুক কুক। চেং থোইদিং লৈ, কৎলু য়াইফরোল লাওরো। লোইরে।

অতোপ্পা কুরুপ্পা মীতৈ মশিং চনজগে অমসুং স্নামহি খিংথৈ ফংজগে হায়বগী পথাপ।

১। সেংতোক্কদৌরিবা মী অহুগী মশা অমা মুমিং ১১নি মৈ চংবা চিনজাক পিজরোই। উহৈ-বাহৈ মহৈ মরোং চাগনি। অরোইবা মুমিং তি ঈশিং নত্তুনা লোইনা হেনগনি মথৌ পাংথোকলগা লাইদা কংপা লুক ফংহনগনি।

২। মশা অহু চিংহি উতি লুথোকনি ইরু মাইথগনি। অশেংবা ফীজোল সেংকনি।

৩। নাহাই য়োম্না মশা অহু হাইতোক্তুনা অনম অথৌ কোকনবা শেংতোকপিগনি।

৪। লাইনিংথৌ সনা মহিগী মিংথৈ তম্বীগনি।

৫। ফম্বান্দা লৈরাং খুজোক পাইহনা লৈহুল তমহনা লৈ য়াংগনি।

৬। নিপা ওইরগা চহি মতম চারগা লংহিং লংশেং থাংবিরগমি। নহা ওইরগা কপ্পা মতম চানা থাংবিগনি।

৭। ইয়াংফু লাংতুনা লাইনিংথৌদা থৌনিবিগনি। মপুগী মিংথৈ তম্বীগনি অমসুং থৌনিবিগনি।

থৌনিরোনদি—

হুঁ সিদবা মপু অপোকপা পোকলেন পোকপা শাংলেন শাংপা লাইনিংথৌ ঈ মপুংও। ঙসি — থাগী পানবা/কোনবা মুমিংকী মীতৈ য়েক শলাইদা চংহনা মীতৈ কোলোই মিং থোনজন্দুনা মীতৈ মশিং চনজরে। ঈবুংঙোগি মিংথৈবু মতম পুন্নমক্তা কাওদনা শোনজগে। কাওদববু পিনবিয়ু ননাইদা চিংঙু নথৌজাল্লা ঈমপুংও। মতাং অসিদা লৈহুন তমহনা লাইখুরুম্মু অহল লমন খুরুম্মু।

## অশিবা মীগী মশা মৈ থাবদা তৌগদবা পথাপ

অশিবা মশা অহু ঈশিং অশাবনা শেংনা ইরুবিনি। ফীশেং হোংবীগনি লাইবক্তা মালেম লৈসা থিনবীগনি। ফজ ফজবা লৈ পুন্নমক্না লৈতেংগনি। মৈ থাবম য়োরগা মৈ হৌগত্তুনা মৈ কৌবা লাইবু চেং থোইদিং লৈ, মেত্রুক থাংমৈ হৈরুক, পানা কত্তুনা ইয়াংলু।

**লাইরাদি—**

হুঁ খাম্বী মৈরা অথোইবা নশেক-নঙান নিংথিনা য়াইফ মুঙঙাই পিরিবা। অক-কন্তবা চাকইবা অমম অঙান খাইরিবা পুম্নমকপু লৌ-শিললিবা ঈবুংঙো। ননাই ইপাগী/ইচাগী শমু. মশা অশি ননাইনা লাংজবা পুম্নমকপু কোকপিতুনা লৌশিনবিয়ু ইবুংঙো নখোং থম্বান্দা কৎচরি ননাইনা হুঁ কুক কুক কুক চেং থোইদিং লৈ লোইনা কৎলো অসিবগী মকোক মপাদস্থু হাপ্পু কুরুম্মু।

( অশিবগী মশা মৈ থাবা লোইরগা লাওগদবা )

**লাইরাদি :—**

ঙসি য়াইফবা কোরৌ নোংজাদা—য়েক শলাইদা পোকতুনা তাইবং কুম্মে য়াওরম্বা বা/বী অসি তাইবং কুম্মে থাতুনা তেংবাম্বা মপুগী লৈকোন্দা লৈরাং লৈনম ওয়না তিনথ্রে॥

( ময়াম্না খুম্বা — য়াইফরে )

নহায় রোন লাইবা অসিনা মীওইবগী মশাদা তিনচু লাইচু অনম অথৌ অমাং অশোই অমসুং য়ুমমাং য়ুমশেং পুম্নমক্তা শোল্লো অথোইবা লাইরানি ;

**লাইরাদি ঃ—**

হুঁ হৈ উমহৈ হুঁ হৈ কেয়োই মেংগা য়াইগা থৌরি থৌয়া লাংবু থৌরি থাবা পোংথৌতম লিথবা মাবু লান নংদে। নুমিৎ পোংথৌত মলি নুমিৎ মাবু লান নংদে। য়াবা কোংখাং শাগী পোংথৌ মথং পিজগে কুমজা পালনথৌগে লোংজা পালোন থৌগে ভাল্লগে তেন্নগে।

নাহান নোং নোংবা তুদৌ খোংদৌ তুতেং খোংতেং নোংগিবু। থৌরি থৌয়া লাংবু থৌরি থৌদিন লাংবু থৌরি থবা পোংথৌ তমলি থবা মাবু লান নংদে। য়াবা কোংখাং শাগি পোংথৌ মথং পিজগে কুমজা পালোল থৌগে নোংজা পালোল থৌগে ভাল্লগে তেন্নগে।

তেকপি মওকচা কাওরেন কশনচা তাওবা মহইচা শোইরেন ময়েনচা। পোং খুৎ থাই শাথাইবনা মিনম্বা থানম্বা ফিজিনা ফিনা তোম্না হুম

লম্বাবু থোরিয়ে। থবা পোংথৌ তমলি থবা মাবু লান নংদে। মুমিং পোংথৌ তমলি মুমিং।

উরেলহুনবা ( মোংবা মুমবিলেন হুনবা ) থৌরমগীদমক মোইরাং সনথোংদগী চিংথৈ পাংনা উতোন হায়গৎলো।

## মথরাইবু মশামক্না হাক্লোক্‌না মাংহন্বা ওন্বা মীওই অদুগী চুকশা মোইথেম থৌরমগী থৌনিরোল লাইরাদি মথাগী অসিনি :—

হু সিদবা মপু অপোকপা পোকলেন পোকপা ঈ মপুংও চিঙঙু নথোং থম্বালদা নিজবদি ননাই---য়েক্তা পোকলম্বা মমিং---কৌবা থাগী---নি পানবা/কোনবা ---মুমিত্তা নোংগাঙবা ননাইগীদমক ননাই মপা/মচা --- য়েকী মমিং কৌবনা ঙসি---থাগী---নি পান্বা/কোন্বা--- মুমিত্তা ননাইনা লৈজবা হৈরাং লৈরাং অথুম অহাও থরদংবু কৎচরি। ননাইনা তাইবংপান্বা লংজরম্বা পুম্নমকপু কোকপিহুনা লানথোংবু হাংবিহুনা থৌজান মিয়েংনা কুবিয়ু।। চিঙঙু নথোং ঙাংলৌ থম্বালদা লৈরাং লৈনম ওইনা তিলহনবীয়ু লাইনিংথৌ ঈ মপুংও।

হু কুক কুক কুক। ইরাৎফুদা চেং থোইদিং লৈ ঈশিং কৎলু। লুক চাকলেন কৎলো, মৈরা কৎলো, লৈহুন তমলো, লৈ লাংলো লোইরে খুরুমলো। ঙেংবাম্বা মপুগী মতিক ময়াই শক শোন্দুনা।

---

## মীতৈগী চুকশা মোইথেমনচিংবা লাইগী থৌরম তৌগদবা তৌরোইদবা মুমিংকী চৎন পথাপ

১। চুকশারোন মোইথেম্বদি শিবা মুমিত্তগি তরামাথোইনি শুরম্বা চুকশা থৌরম পাংথোক্কনি।

২। চহি অহুম সুত্রিবা অঙাং শিবদ্রি মৈ চংলোই চুকশা মোই-থেমসু তৌরোই। শিবা মুমিত্তগী থা অহুম লৈরগা লাইদা লূক কৎপিগনি। শিবা মুমিত্তা য়ুমসু শেংগনি।

৩। চহি অহুম চংলবা অঙাং শিবদি মৈ চংলগনি। (হাইবদি থা কুনমরিদগীনা নোংমা হেনবা হাইবনি।)

৪। চহি অহুমদগীনা তরাশুবা ফাওবা অঙাংগীদি শিবা মুমিত্তগী তরেৎনি শুবা মুমিত্তা থৌরম পাংথোক্কনি অদুগা চহি তরামাথোই চংলবদি মুমিৎ শুনা শোনগনি।

৫। মৈ চংলবা অশিবা মশাদি মৈ কৌবা লাইদা পুকনিং শেংনা কৎকনি। নাহা শিরবসু অহন্না খুরুমজতুনা কৎকনি। অহন শিরবসু নহানা খুরুমজতুনা কৎকনি।

৬। নাবা ওইনা মৈ চংদনা তোইনা শিরবদি তৎনবা মুমিত্তা শোইরেন চুকশাবগী থৌরম তৌগদবনি।

৭। "তরামাথোইগী" চুকশা থৌরমদি মুমিৎ তরানি শুবদা য়ুম শেংগনি।

৮। "তরেৎনি গী চুকশা থৌরমদি মুমিৎ তরুকনি শুবদা য়ুম শেংগনি।

৯। অঙাং পোকপনা পোকপা মুমিত্তগী তরুকনি শুবদা ইপান থাগনি। তরানি শুবদা য়ুম শেংগনি।

১০। ইপান নত্তনা য়ুম মাংলবদি লাইদা কৎপা থৌরম তৌবা য়াদে।

১১। (ক) থংনা থংনবা অসিবু অহুম শুরবদি অহানবগীদুদি চুকশা মোইথেম থৌরম তৌবা য়ারে।

(খ) থংনা থংনবা অশিবা অনি শুরবদি অকোয়গী ঙাইগনি।

১২। পোকপগা শিবগা লম্বী তিন্নদে। অঙাং পোকতুনা য়ুম মাংলবদি অপোকপা মমা মপা য়াওহন্দনা অশিবগী থৌরম তৌবা য়াগনি।

১৩। অশিবগী চুকশা মোইথেম্বগী স্কুলদা লংফৈদা শিবা মতম নংদবা অমস্লং পাওস্লু তাদবা থোক্লবদি থাশিদা থৌরম তৌগদবনি।

১৪। মুমিত্তা থাদা শানা শোকপা ( মালেমগী মমিতাবা ) মতম থোক্লবদি লাইগী থৌরম তৌবা য়াদে। মী ওয়রবস্লু চাকহেন ভাহেন তৌগদবনি।

১৫। ঈশিংদা তাহ্নুনা শিবদি মশা ফংবা হুমিং অহুলগী লৌহ্নুনা থৌরম পাংথোক্কনি।

১৬। মীতৈ লৈপাক মন্নুং নত্তুনা অতোপ্পা লৈপাক্তা শিরবদি শিরিবা মশা অহুদগী লু মচেৎ থরদং পুয়কতুনা মীতৈ লৈপাক লাইফমদা তিনগনি।

১৭। য়েক্কা য়েক্কা চায়ৌ মোয়্নৌনবা য়াদে। মীরৈবাকচাগা মীতৈগা য়েক মমিং মান্নরবস্লু চারৌ মোয়্নৌনবা য়াই।

১৮। পোকপদগী অকায়বা লৈত্রিবী নুপী অহুগীদি লুহোংবগী অকায়বা পথাপ লৈতে।

১৯। নিপা নুপী অনিনা মশানা য়ানহ্নুনা চেল্লবস্লু লৌনবা য়াবা মফম থোক্লবদি চেল্লরবা মতুংদা হৌনবী কায়দনা লুহোংবা য়াই।

২০। কনাগুম্বী নুপী অমবু কনাগুম্বা নিপা নুপী মশানা য়াদবা ফাহ্নুনা চিংলুরবস্লু মতুংদা অতোপ্পা কনাগুম্বা নিপা অমদা থাজহ্নুনা পথাপ কাইদনা লুহোংবা য়াই।

২১। কনাগুম্বী নুপীনা লৌনবা য়াদবা মফমদা চেল্লম্লবস্লু নোং-লেম্প্রিঙৈদা থাইদোক্লরগা অতোপ্পা নিপা অমদা থাজহ্নুনা পথাপ অসি কাইদনা লুহোংবা য়াই।

২২। কনাগুম্বী নুপীনা মশানা য়ানা চেনখিবা লৈশাবী অহুনা নিপা ময়ুমদা অহিং অনি অহুম লৈরুবদি মশম লৈশানা হল্লক্লস্লু কনা-গুম্বা নিপা অমদা থাজাবা মতমদা লুহোংবগী পথাপ শুনা তৌবা য়াদে ইরাৎফু লাৎলোই।

২৩। তুমন লুপ্রাদি লুহোংবগী পথাপ শুবা য়াদে। মখোই অহুদি মিংখৈ শক শোল্লগা নিপা মুপী লৈ হুক্করগা লোইরে। ইরাংফু লাত্রুনা শোনবা তৌরোই।

২৪। কনাগুম্বা নিপানা লাইগী থৌরম থৌগল তৌবা মতমদা অমস্তুং শোনবুং মফমদা লিক অমস্তুং লংহিং লংশেং থাংদবা য়াদে।

২৫। কনাগুম্বনা ঐগী ইচা, ঐগী ইতু, ঐগী নিপা ঐগী লৌরি, ঐগী য়ুমফম, হায়বা তাইবং পান্বগী পোৎলমবু কল্লকপা। মিচৌবা পুন্নমকপু থাদোক্তুনা তেংবান্বগী মপুগী মীংখৈ শোন্দুনা লম পোইখরবদি মীওই অহুগী শিবগী মথৌদি অকক্কবা নুমিৎ লৈতে। ঙমজবা নুমিত্তা থুনা পাংথোকপা অথোইবনি।

২৬। সিবগী মরোল মাইবনা হায়গদবা ঃ—
মী অহু ফমুংদা নারগা শিহুনা লৈরিবা মফম অহুদগী মাইবনা (লৌ-থৎপদা মী অহুগী মমিং হায়রগা ঙসি য়াইফ পুংফমদা মপুগী কাংলা য়াইপু কায়সি হায়রগা পুথোককনি।

তাইবং সমু হকচাংবু লোংনা থেননা লৈরমদা মথৌঙম্বা পুম্বা তৌ-রগা খমনুং লম্বীবু থোংঙাক লেন্দা সিনগনী অসিদগী মাইবনা অমুক হননা মপুগী কাংলা য়াইপুং পাংলসি হায়দনা মুপা মরিনা পাইথৎকনি অসুম্না পুথোকরকপনা মাশাগী কোনথোং হেক লানথোকপদা মমাং থংবা নিপা অনিনা কু মাইহাং হায়না লাউগনী তুংদা পুরিবা নিপা অনিনা কোনথোং হেক লানবদা কুমাইথিং হায়না লাউগনি মথংদা লৈতাই মুংদাইগনি।

**শলাই তরেৎমক্কী অপোকপা থুরুম্বগী নুমিৎ-থা অমস্তুং পোৎচং পোংলাং।**

## ১। মঙাং য়েক শলাই

ইঙানা তরা মঙানি পানবা থাবুং থানিন শাগোলশেল নুমিৎকী নুমিৎ য়ুংবদা পোকয়ে। ঈশিংদি মুংশেং ইকোইনে মৈদি মৈয়েনে। লৈদি

থম্বাল অঙাংবা চম্মানিশালনে। হৈদি থমচেৎনে। ঙাদি শরেং অঙাংবনে। নাহৈবদি উরুম কোননে। থাংদি চকম থাংনে। শিংদি শৈনে। লাদি থম্ন খেনজোং-নে। মচুদি অঙাংবনে।

## ২। অঙোম য়েক শলাই

ইঙেন থা তরানিথোইনি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎকী অয়ুক য়ুথক্তনি। ঈশিংনা কোংবা মৈরোম্বনে। লৈনা থরো অঙৌবনে। লানা লারোংনে। মৈনা মৈরানে। নাহাইবদি তাইরেন মনানে। থাংদি পুকপা থাংনে। হৈদি হৈবানে। শিংদি উপননে। ঙাদি শরেং অঙৌবনি। মচুদি অঙৌবনি।

## ৩। লুরাং য়েক সলাই

রাকচিং তরাতরেৎনি পানবা ইরাই নুমিৎকী অয়ুক য়ুথক্তনি। ঈশিংনা লম্ফেলদগীনে। নাহৈবদি উখোক মতোননে। লৈদি খোঙ্গল মেলৈনি। হৈদি কিহোমনি। ঙাদি শরেং শংরুমমনবনে। শিংদি হৈক্রুনে থাংদি মতোন তুম্বনে। লাদি কাকলানে। মচুদি হিগোক শাংলুমনবনে মৈনা কম্বী খোইসুনে।

## ৪। মরাং মোইরাং য়েক শলাই

লমতা তরামঙানি পানবা থাবুং থানিন থাংজ নুমিৎকী য়ুথক্তনি। ঈশিংদি লোক্তাকনে। লৈদি এরুম লৈনে। লাদি থাংগ্রানে। ঙাদি শরেং অরাংবনে। হৈদি কাংক্রোনে। মৈদি হৈথাং অছুমলক লোও। নাহাইদি নাগুই মনানে। থাংদি য়েনথাং মতোন ককপনে। শিংদি কুহিনে। মচুদি নাপুনা লাংবনে।

## ৫। খুমন য়েক শলাই

শজিবু থাগী নিনী পানবা লৈবাকপোকপা নুমিৎকী নোংয়াইদনি। ঈশিংদি পুমলেন পাৎনে। লৈদি কাকলৈনে লৈশংনে। মৈদি মৈথাং তরেৎলক লোও। ঙাদি শরেং অমুবনে। লাদি চংবী লানে। হৈদি হৈবোংনে। শিংদি চাথোংনে। থাংদি তোনককপনে। নাহৈবদি পুংফাইনে। মচুদি অমুবনে।

## ৬। থাবা য়েক শলাই

ফাইরেন থা কুনতরুকনি পানবা য়ুমশকৈশ সুমিৎকী অয়ুক্তনি। ঈশিংদি লৈতোংদগীনে। লাদি থম্মা ইতা ইথম লানে। লৈদি লৈপংনে শিংদি নোংলৈশংনে। মৈদি মৈথাং মঙারক লৌও। ঙাদি শরেং বাওনা মুবা লংবনে। নাহাইবদি নাপি শিংবী মনানে। মচুদি বাঙনা লাংবনে

## ৭। ঙানবা য়েক শলাই

কালেন থা তরুকনি পানবা নোংমাইজিং মুমিৎকী অয়ুক্তনি। ঈশিংদি তাকঙাথাদগীনে। লৈদি এরুম লৈনে। হৈদি হৈপুংনে। লাদি লৈহৌরানে। মৈদি লৈখাম থোইজুনে। ঙাদি শরেং অরংবনে। শিংদি চিংএঙ্গশিননে। নাহাইরদি নাপু নশেৎনে। থাংদি লাইথাংচি-পাইবনে। মচুদি শংনা লংবনে।

( থাগী মাইগৈ থোকপা )

১। শজিবু, থবান, পোইন্নু, চিংখৈদা থা শিয়ে।
২। কালেন, লাংবন, বাকচিং, অবাংদা থা শিয়ে।
৩। ইঙেন, হিয়াঙৈ, লমতা, কৌক্রুদা থা শিয়ে।
৪। ইঙা, মেরা, ফাইরেন, নোংচুপ্তা থা শিয়ে।

---

